# পুন্সি লম্বিদ

থোংগ্রাতাবম্
বিশ্বামিত্র সরম




মনিপুরি সাহিত্য প্রচারক্ সভা
ৱাংজিং - ৭৯৫ ১৪৮, মনিপুর

**PUNSI LAMBIDA**

A Collection of 75 Manipuri Poems

***Written by :-***

Thongratabam Biswamitra Sarma
Wangjing



অহানব ফোংব ঃ মে ২০০৩

লাইরিক মসিং ঃ ১০০০

অফোংবি ঃ কে লৈমা দেবি।

(সাহিত্য লুপ্ অসিগিদমক)

মখুম্ নমুন ঃ অইব

মখুম্ কলেক্সন্ ঃ এলঃ দোরেন সিংহ

মমল্ ঃ লুপা ৫০/-

লাইরিক্ ফংফম্ ঃ অইবদ



লাইরিক্ নম্ফম্ ঃ সোনি প্রেস, থাঙবোক্ বজার।

ইমা লৈবাক্ অসিগি
য়াইফনব লম্বিদ
থৱাইন পোন্থা ওইখ্রব
কয়াগি মফম্দ থম্জরি।

# ব্রাহৈ খরা

"পুন্সি লম্বীদ" বিস্বামিত্র শর্মাগি অহানবা খুৎথাবা শৈবেংগি লাইবিকনি, মহা ওইবিবা ইনিংবগি মমি অমা তাবি হায়বসি মাগি শৈরেংসিং অসি পাবগা থেংনরি। মখোং শোম্বিবা অমসুং পুক্রিং থৌগৎপিবা চংই। মহা ওইবগি মিৎয়েং, ভাবনা মনুং হনজিনবা পুন্সিগি মসক্ থিবদি খবা কোমতকনা লৈরি মবম অদুনা আদর্শ অমদি কলপনাগি জগৎতা হেন্না অইবনা ঙমথবা মশক অদু ফোংদোকলিবা কয়াসিনা ময়েক শেংনা তাকলে অদুনা অইবগি কলাগি পোৎথোকতা কলাপক্ষদগি ভাবপক্ষবোমদা পুক্রিং চংসিনখিদুনা প্রকৃতিগী মখাদা চংজবকই মবম অদুনা অইবগি ব্রাখলদা ফিলোসোফিকেল ওইবা মিৎযেংদগি ইমেজবি ওইবা মিৎয়েংনা বিজনবু থিবা মশকলোমদা হেন্না চংশিল্লি। মবম অদুনা বোমান্তিক্কি মুদ লোদিংলোমদা চংশনখিদুনা সন্দগী নিংথিজবা মশক অমা লোয়নদুনা চংপনা ঈশৈগী শকলোন অমা মাগি শৈরেংশিংদা যাওবি অদুনা শাংসু শাংদবা তেনসু তেনদবা মেদিযম অমদা খোংফম চেৎনা লেপতুনা লৈবি। সন্দগী নিংথিবা শুব অমা যাওনা লোলগি খোং নৌবা মশক অমদি লৈজবে।

লাইবিকস্সিগি মমিংসে শৈবেংসিংদা য়াওবা নৎতে, অদুবু শৈবেংসিংগি অপুনবা ভাব অমসুং মীৎযেংদা লৌবগা শৈবেংগি খোংচৎপু পুন্সীগি লম্বিদা থেংনবিবা মিওইবগি সমস্যানি হায়না কবিনা খনবগি মীৎযেংনি। মসিমকতনা বে মন্তিক মুদ লোদিংদা য়াম্না কমপ্লেক্স ওইববা পুন্সি অসিনা সমাজ অসিদ হিংবগি মাইযেক্লিবিবা লাম্বেং অসিগি অশেংবা মসক অদুবুদি পুথোকনবা কন্না হোৎনবি। মতোংসিদ কবিগি ভিজন অদু কন্না সিম্বলীক ওইবক্তবা যাবক্তবনা নিংজবম্বা ইলুজন অমসুং সিম্বল কয়া অমসু সিজিনবকই অদুনা ঙসিগি পুন্সিগি মশকপু ময়েক শেংনা খঙহন্নবগিদমক *ঙসি ঙকত থৌবিথু / চিংলি নুংগাই লমবিদ / ইখেংতান চৈনা ফংলবদ / ফাওবকলে থমোইদ নিংঙমদব /* কাওসিং *ওইকবব পুনসিসে / পনথুং: লা ৪*। অসুমনা পুন্সিগি অৱাবা মিৎয়েং অমা কবিনা উকববা মতুংদা হিংবগি ময়াইবু অসুক্কী মতিক নুংসিনা লৌজবকই। অদুনা মতিক মযাই কল্লবা পুন্সি অমসুং হিংববু কবিনা অসুমনা ফোংদোকই :- *ব্রাখল খল্লিডৈ ঐগি / নুমিৎতি থোবকই অমুকসু তাখিনি / খনফমদি খংদবে ফি অমা / খনদব য়াবোই পুনসিগি অমা / অঙাওব মিংথোননি মিযাম্ন ঐবু / থমোইদি ব্রাবি ফিসক্ খন্বদ / ফি: লা: ৫৭*। মিওইবগি পুন্সি থৱাই হকচাং অনি পুল্লগা ওইবিবনি। আত্মা অমদি পবমাত্মা অনিগি আত্মানা পবমব্রহমদ তিন্নিংবগি ইখৌলাংবদু মিওইবনা অতিথি ওইনা লৌবগা পুন্সিগি মফমদা কংথোকপনি, দার্শনিক্কী ভাব অমসুং

*নং ঐবু হুনদোকলম / ফমলরো ঐগী মল্লব ফকসিদ / অতিথি নংন লাৎপদঃ লা৫৮* অমুকসু কবিনা পুন্সিদ অঙানব মাতবু তাম্লদুনা লৈবা, অমম্বা মাবুদি নৈনরুদবা মীওইবগি অতোংবা তানবা ঝাখলবু অসুম্না :- *মৈঙালগি ফজ্জবদ ঙাওখি / মরুম্ উদব কয়ান / অমম্বৈ লিলা খংজদন / পুক্নিং নুংঙাইন হন্নখি / লিরুরি মৈঙালগি নিংথিব / পুম্নমক অমত হেক ওইখিদ / থাওমৈ মখোংঃ লা:৬৫* । য়াম্না স্কেপিষ্ট ওইবা মীৎয়েংদা পুন্সিবু য়েংলুরবসু মীওই-পুন্সিগী আশা পুম্নমক মাংখিবদি নংতে। কবিনা মীওইবগি তুংগি আসা ফোংদোকলি:- *চাইরি আসান মাংদ / মাংলি লৌবৎলুব য়াদন / নোংদম্ থির মপোক্সিদ / মুসি মুসিব মঙাল্ : লা:৮* কবিগি থৌনা অসিবু ঐখোইনা তরাম্না ওকফম থোকই। মতুংদসু হেম্না ফবা মখলগি খুৎই কয়া আসা তৌনিঙাই ওইরি।

ইবোসনা য়াম্নেম
সেক্রেটরি
মনিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা,ঝাংজিং

১৬-৫-০৩

# লাইরিক্ অসিগি মরম্দ

মৌন সাহিত্যগি লমদ্ খোংদাজরকফিব অইব থোংগ্রাভাবম্ বিস্বামিত্র সরমগি সৈরেং লাইরিক্ পুন্সি লম্বিদ অসি ঐহাক্পু পাহনবগি খুদোং চাবদু ফংহনবিবসিদ য়াম্না নুংঙাইব ফাওজে। নহা ওইরিব অইব অসিন মহাক্কি লাইরিক্ অসিদ সৈরেং হুম্কুতরামঙাখক্ত অহানব খুংথা থারি। অইব অসিন মহাক্ন পুন্সিদ থেংনরিব চৈথেং কয়াবু সৈথারি। মহাক্ন মঙোন্দ ফাওরিব চৈথেংসিং অসিবু হক্থেংনব,তাখিব,অমদি উথিবসিংদগি মৌখৎতুন নৈনরগ মহাক্কি সৈরেংসিং অসিদ মখুৎ থাবগি অসেংবদু উব ফংলি।

অইবগি লাইরিক্ অসিদ মখল্-মখা মচু-মমেল্ কয়ান তিন্সিনব সৈরেংসিংগি অপুনবনি। অইবসিমক্ হৌজিক্কি চায়েংনরব চমম্নরব খুন্নাই অসিদ ওইরিব মিওইবগি পুন্সি মহিং অসিদ মাহং কয়া হংলি। পাউখুম্ কয়া থিরি। অইব অসি নিংব কাইরব লম্মাংনদুন শংচং চৎতুন পুন্সি লেন্ব মিওই অমদি ওইদ্রি। মহাক্ন আসা কয়াদি তৌরি। হৌজিক্মক্ খুন্নাই অসিদ মিন মিবু ওৎপ, তুহৎপ, মিনুংসি নৈতবসিবু মিসিংগি থমোইদ ফাওহনবগি অপাম্বদু পিনিংব সৈরেংসিংন অয়াম্ব ওইরি। সৈরেং খরদি তাইবং মপুদ চংজদুন থৌনা শিবিনব নিজবসু য়াওরি।অইব মহাক্ন তাল্লিব মাথক্কি শনখুমকম্ কংনবত হোৎনবিবম মহাক্কি সৈরেংসিদ সৈহেক্ সৈদাগি শরম্দদি খর কোম্ন লৈরি। মাহৈগি সাফু য়াম্ন লৈহনব ঙম্দ্রি। অদুবু মহাক্কি সৈরেংসিদ মহাক্ন মিংথোন্জরিব লাইরিক্কি মিংগৌ 'পুন্সি লম্বিদ' হাইবসিদ হৌজিক্কি খুন্নাইদ থেংনরিব চৈথেং, চৈনাসিবুদি ফোংদোক্প ঙম্লি।

বনান্গি মতাংদ ময়েক্ তপ্নব (Consonant cluster) অসি য়াম্ন চেক্সিন্ন ম র য় খক্তমক্ সিজিন্নরি। হান্নগি থংনব ময়েক্ তপ্নব (Consonat sequence) অদু য়াওদ্রে। আকার অমদি শহর্ন্ত ( ) সিজিন্নবদ মফম্ চান তৌই। স ই ইকার ( ি ) অমদি ( ) অসিতমক্ সিজিন্নৈ লোন্তোপ্ মাহৈসিংসু (Loan words) মৈতৈল হাইনব খোন্থোক্ত সিজিন্নদুন ইরি।

অরোইবদ অইব বিস্বামিত্র সরমগি থৌনা অমদি অনিংব অসি য়াম্ন থৌগৎনিংঙাইনি। মতুংগি খুংথা কয়াদ সাহিত্যগি মতিক্ মঙাল্ লৈব সৈহেক্ সৈদাগি শারম্দ ইব পোৎথোক্ কয়া পুথোক্লক্প ঙম্বগি পাংগল্ পিবিসনু হাইন তাইবং মপুদ নিজরি। অইববু মাইপাক্প ওইহনবিয়ু।

তোংব্রম্ বাবুলাল্ সিংহ
সেলেক্সন্ গ্রেদ্ লেক্চরর
থৌবাল কোলেজ, থৌবাল।

তাং ২০-০৫-২০০৩ ইং

# অইবগি ৱারোল্

ৱাখল্ মসি অণ্ডক্পনি, মান ঙম্দব অমা অমুক লৈতে। মাদি মনিং তম্মি, নিংথৌ ওইনিংলবসু হেক্ত ওই, মিনাই ওইনিংলবসু মদুমঙাই। মাগি ইপাক্ত করিগুম্বদ অমুক্সু হেক্ তাওরুই, মতম্দুগি ৱাখল্দুনি পাংদ্রব খংজদ্রবন সৈরেংনেকা হাইদুন মিমাংদ পুথোক্চরিবা সাহিত্যগি গুরুসিংন ইফম্দ তাক্পিরকপ খুদিংমক্ লৌসিন্জগনি, মসিগি থোংলাওন হাংদোক্চরি। কনাগুম্বন লাইরিক্সি পাব্রিয়ু, নৈনবিয়ু, মদুতনি ঐগি হোৎনজমন্গি মরুম্দ আসা হাইববু।

তোংব্রম্গি পাবুং, ওজা বাবুলাল্ ঐগি পুন্সিদ চাওরব লম্ অমা তোল্সিল্বনি। লাইরিক্ অসি নম্দ্রিঙৈ পাবুংগ অসোই-অণ্ডাম্ কয়া তান্নজখি। মখুম কলেক্সন্ তৌবিব দোরেন্ মাগি মফম্দসু লমন্ তোন্জরে। লোইনন লাইবিক্ ওল্হল্বিরিব সোনি প্রেস অসিগি মপু অমদি লোইনববুসু ইস্রবন থৌজাল্বিরসনু। ৱাফম্ খব অসিগ লোইনন লাইবিক্ 'পুন্সি লম্বিদ' মিয়াম্দ সিন্নজবি।

১৫-০৫-০৩

বিস্বামিত্র সবম

# য়াওফম্ তাক্প

# ইনিংতম্ব

থবাইন পাম্মি পুন্সিদ
থৌনা ফরব চেক্লাওম্
হাংল অতিয়াদ পাইজব
নিংতম্ন অকিব য়াওদ।
কদাইনো ঙসিদি মদো ?

পুক্নিংন পাম্মি অমথক্
হৈমুন্ কার হৈরাংলক্তগি
ইচিন্ন পেন্ন চুপ্চব
পোন্ চেক্লাওম্ থবাইন
পাম্জদে মপুই অথেন্পোৎ
কদাইনো ঙসিদি মদো ?

থবাইন পাম্মি পুন্সিদ
ইসান পান্জব সুরবু
হাংল লৌবুক্ত ঙংজব
ইংল মালংগি ইপোম্দ
চিংলোন্ কয়া লান্থিদুন
কদাইনো ঙসিদি মদো?

## থৌজাল্

সিজিন্নজগে পাংগল্সে ঐগি
সিন্থা খুদিংদ নহাক্কি ।
নুংসি মিয়েংন যেংবিয়ুনে
তোল্লবা পুন্সিদ নহাক্ন
লৈকংলাদ মকথ্যান্গুম্ ।

পুন্সিনি লাইজ লেম্লৈগি
নুংসি থৌজান্ন নহাক্কি ।
লৈবাং কয়ান সাংলনি
কুম্বি কালেন্ নাইদন
মালেম্ ইমাগি তম্বাক্সে ।

নান্বিয়ু ইকোক্ত ঐগি
হিংজগে পুন্সি নহাক্কি ।,
তংহন্বিনু নুংসিগি লংলা
অরুব তাইবং ইবোল্-নুং
অৱাব পুন্সি লম্বিদসু।☐

# নৌন ফংলকপ

সেল্‌ন ব্রা ঙাংলবদি
অচুম্ব লৈখা তাখি ।
তালোইন মপুরোইব কাওথোক্‌প
মপুরোইন তালোই নিংসিংদব
মসি নৌন ওইবক্‌পনি।

অমম্ব অসি মম্মি
লৈতে ইকাইব মসিদ।
মসিমক্‌ কুম্‌হৈ ওইন
থোবক্‌প পাম্‌দে সমাজসিদ।
মসি নৌন পাম্‌লক্‌পনি।

পুন্‌সিদ অকিব লৈ
মযেক্‌ সেংহন্‌দে মসিন।
হিংব তারক্‌ই অমম্বদ
মাংখ্রনি সমাজসি হোংদ্রবদি।
মসি নৌন ফংলক্‌পনি। □

# পন্থুং

ঙসি ঐগী পুক্নিং
নোংজু থাগি ইসিংগুম্
লৌরি পান চেন্থরি
থিংলুব কন্নাগি থৌনা লৈত
মাইকৈ তন্ন পুন্সি ইপাক্ত
পুক্নিংগি অপাম্বা থুংনা।

ঙসি ঙক্ত থৌরিগু
চিংজি নুংগাই লম্বিদ
ইথেং তান চৈন্না ফংলবদ
ফাওরক্লে থমোইদ নিংঙম্দবা
ফাওসিং ওইরম্বা পুন্সিসে।
কেকু লোংনিংলে থরাইসে
উথিদনবা মিরেং লিসিংনা।

সগোল্তোংনা চংলি মতম্না
ঙসি পুরক্লই পুন্সি য়াচংবা।
মোংনা কেম্লবা হক্চাংসি
লৈত্রে মতম্ সুদোক্-চাম্থোক্লুনবা।
চুম্না হেক্ত হন্দোক্তুনা হন্থিবদি
অপেন্বা ওইদরে ঙসি থরাইসিন। □

# নুংঙাইব

কদাই কৈদনো নুংঙাইব
হিংলিব পুন্সিদ তাইবংপান্বদ।
থিরুই ময়াইত কারক্ই
মতম্ত মাংই পুন্সিদ
হোৎনজমন্ ওইন মপোক্সে।

তুম্লে ইরন্ নংগিদমক্
ফংহৌই লাল্পুং পুন্সিদ
কয়া সিখি কয়া সোইনাই
নংবু পাম্লুবৈ খুদোল্নি
ঙসি মালেম্সিগি তম্বাক্ত।

কপ্লি থমোইসে নুংহিক্ন
নংন পিবম্লিব খুদোল্সিগি
মিরেম্ ফম্থোন্ থিল্লম্লে
মসোং লৈন লোৎলি নংন
তেল্লব নিনিগি পুন্সিদ। □

# তুহৎপিব

বসন্ত রিতু লাক্পদ
হৈপাল্ লৈপাল্ মোমোল্ নোক্চৈ
অতৈ ঙম্নমক্ তুংইন্জৈ।
চেন্ চোংদুন সান্নজরি
মথোং কারক্পি সজিসে।

কল্লক্ থম্বল্ন থমোইদ
মৈরিগুম্ন মক ফন্জৈ
সাহিং কোক্ত্রব কৈজাওসে
মিংত মিহুন্চোং তেম্সিংনৈ
তাখি খয়াংত সজিসে।

ইখেং তারক্ই লৈমাইদ
মহৌস লাইরেম্বিসে ব্রান খাংলি
মিমাংদ সাহিং কুম্হৈসে।
খল্লি মসির তাইবংপাল্
অমন অমবু তুহৎনরিব।

তারি হক্চাংন লৈমাইদ
থব্রাইন মালংদ লাওজৈ
"মিনুংসি মমি সাম্লনি
পুন্সি মরিদি তৎলনি
লৈকংলাগুম্ ঙসি মালেম্।" □

# হিংব

ঙান ঙা চাই
হিংবৈ লম্‌বিদ ময়াইগি।
তাইরং ফম্‌বাকত
মৈরিঙই লৈয়েংন মনিংতম্‌লে।
পন্‌থুংন খ্বাই পুম্‌নমক্‌কি।

থার থবাই
হক্‌চাং অরেম্‌-খাক্‌সিং
মাংখি মৈন চাক্‌খিবগুম্‌ন।
হিংবৈ মগুন্‌ ময়াই
থিব খংহন্‌দন মুংখি।

সান সা চাই
মনুং মপাল্‌ নাইদন
জংগল্‌ মনুংদ।
উন্‌গুম্‌ মাংখি অসোন্‌ব
সমাজ লিলা ফম্‌বাক্‌তৈ।□

# মুসি মুসিব মঙাল্

মল্লব মিংসেল্ থাওমৈসি
লৈখংলি দোসি হন্ন-হন্ন।
মঙাল্ য়াওদ্রব থৌনান
পুন্সিদ থৌদোক্ খবদি
ময়েক্ সেংহন্দ্রে মপোক্সে।

থাজব মাংল মৈরিসি
কপ্হল্লি মতৌ উরগ।
চাইরি আসান মাংদ
মাংলি লৌখংলুব য়াদন
নোংদম্ থির মপোক্সিদ।

মৈবিসি লোইব মিকুপসি
কপ্হল্লি তাইবং থমোইবু
খুং- থারে পুম্নমক্ ঙসি
মম্লে পুংমম্ ঐগি তাইবং
মপোক্ থির কাইদোংসিদ। □

## ইচাও

লৈকোল্ লৈরাংসিং ঙসিদি
লম্‌বিদ লৈসাং তম্‌লরে।
লাইরেন্ মতুং ঙাইনগুম্‌ন
বসন্ত খোইমু থুংলরে।
মতম্‌গি ইচেল্‌দ কাওসিং ওই।

নারক্ত সাংপি লৈরাং
লৈনম্‌ন তাইবং নাওসুম্‌লৈ।
নহাক্‌কি লৈনম্ ঙসিদি
কদাইদবু লোংতুন লৈ।
মতম্‌গি ইচেল্‌দ কাওসিং ওই।

উফুল্ রাইফুল্‌ন ফিজং ওই
লৈরাং লম্‌বিদ লৈসাংলি।
লৈরাংগি নৌর মাইথোংদ
মতম্‌গি মৈখুনা মকে সেম্‌লি।
মতম্‌গি ইচেল্‌দ কাওসিং ওই।

পিন চৈনা ওইব পনথুং
ইকাই লৈব্রুক্ থিব মিকুপ্
থুংলরে ইচাওন হন্‌থরবদ
তাবগুম্ নুমিৎন নোংচুপ্
মতম্‌গি ইচেল্‌দ কাওসিং ওই।□

# মিনুংসি

লিন কন্‌সিল্‌লব উবিগুম্
লৈমাইদ থেক্‌ন খোইন চৎলি।
লম্‌বি চৎপন তৎতন নেৎলি
বসন্ত কয়াদ মিং পাংখিদ্রব
নুং তাবগুম্ লাইজ ইবোল্‌নুংদ।

করম্ব মিকুপত কবিগি
কল্‌লব মকু চেখাইবক্‌লি
নহাক্‌কি মতম্ লাক্‌লবব।
চোংলক্‌লে ময়োন্‌দি নৌবব
তাইবং ইসিং-নুংসিৎন য়ৈবদ।

মহাক্‌তি য়েৎনিংলক্‌ত্রে পামেল্‌দ
যেৎলক্‌লে মিওইবৈ থমোইদ।
খুবব লাইনিং লম্‌বিন
লৈকংল ওইবব মালেম্‌সে
উহল্‌লবে অসেংব মিনুংসি।।□

# মিৎতাংলব

মিৎন তাংলব পুন্সিদ
পুম্নমক্ উদ্রে মম্লেনে।
তাইবং পুন্সিগি লম্বিদ
মহৈ মান য়াওদ্রবদ।

মিন থা-লৈবাক্ কানরি
ঐন লম্বিসে মাদুন চৎলি।
লম্জেল্ তান্নব পুন্সিদ
চেন্নখি লৈহৌই ঐন।

হিংলি কৌব মপোক্নিন
চৎলি ঐসু পুন্সি লম্বি।
ইন্থুরম্মি কনান ঐবু
তাহৌই লম্বি চিদাইদ।

মঙাল্ ওইরব থৌজাল্ পুবি
লেপ্লরো নংন ইমাংদ।
মহৈগি লাইরেম্বি ইমা
লোইনবিয়ু পুন্সি লম্বিদ।

পিন নাকেন্থাগি উনাগুম্
তারি চৈনাসিগি ঙসিদি।
থমোইদ চাক্লি ওম্দুন
মহৈ মাবু লাৎচহৌদবগি।□

# লেকোল্

পন্থুং মান্নব লম্বিদ
করিগী খাইরি জাং-বিজাং
তাইবং মপুদি অমতনি।
মালেম্ কৌব লৈকোল্সিদ
লৈখল্ কয়ানি হৌরিব।

মচু কয়ানি সাংলিব
নুংসিব লৈনম্দি অমতনি।
করিগি খল্লি ঐতগি।
লৈরাং লৈখোক্ন লোইরবদ
করি পুদুন চংকনি।

ধরম লাইনিংন হাইরিনে
খল্লু অফব ব্রাখল্ত
কাওরি লাইনিং চংপসিংন।
মৈরিগি হৌরক্ফম্ ওইররি
তাংগোই তাররি ঙম্নমক্।

নুংসিব থমোইদ তুংলিব
সন্দোক্লো তাইবংদ মিনুংসিদো
মতম্ ওইরে থেংলবনি।
তাংগোই তাখিদ্রিঙৈ মালেম্দ
চুথহল্লু কুম্গি নোংজুগুম্।

# অমন্‌ব হি

ঙম্‌খৈ উদে মম্‌লে ইপাক্‌
তাওরি অমন্‌ব হি তপ্‌ন।
        ইপোম্‌গি অপাম্‌ব থুংলি
        নুংঙাইরি অয়েংব কনাগি
        লৈরাইগ ইথক্‌ক খংনরি।

হিবান্‌ মচেং কাইবব হি
লম্‌বি লান্‌ন চংখি তুসোন্‌ন
        অসুম্‌ মচেং তাখিদুন
        হিসে মসা লোইরক্‌লে
        হোন্‌ব য়াদন লুপ্‌খ্রে।

লোইখ্রে ঋারিসু তপ্‌ন কাওনখ্রে
ইপাক্‌কি ইথক্‌তি হৌবি লোইনাইদ।□

# তেথরব

পিজৈ চিন্‌জাক্‌ কযা ঐবু
মবন্‌ তিংথোক্‌প পামুদন।
ওইররে ঙসিদি খুরজিন পুল্‌লব
উপাইন মিখা পোল্‌লব পুন্‌সি
মপোক্‌নি মিনাই ওল্‌লব।

অথাক্‌প চিন্‌জাক্‌ চারুবৈ ঐসে।
ওইহল্‌লে অতেব ঐবু অপংব।
চারুব চিন্‌জাক্‌ন ওইবে থৌদ
সিন্‌থনি ঐগি কুম্‌হৈন মাগি
হুমাংনি ঐগি ইন ওল্‌লব।

মাগি পন্‌থুং ঐগি লাইবক্‌
খাংব ব্লাবব থমোইগি চৈনা।
হিংবগি লাল্‌ স্বর লেপ্‌তনব
মকোক্‌ন মপুগি মমৈন ঐগি
ইবুক্‌ তেরবনি ঐদি তেরব।□

# লৌবুক্

কৌবি ঐখোইবু মনাক্ত
যাইওইবি মনি লৌবুক্ন।
মনি তাংবল্ পিঙম্বনি
মাগি নুংসি মিয়েং অমন।
কবিগি চৎলি নাথৈন।

চৎলগ য়েংদন খংলোই
তাল্লিব মথৈ পিঙম্বনি।
য়েংউ লৈমাই যোৎলৈ কাংন
ফংগনি পুন্সি হিংন ময়াই।
করিগি চৎলি নাথৈন।

লোইনৌ তিন্নৌ হোৎনৌ ফংনি
হিংবগি মপাল্ সাগনি
নুংঙাইবগি মহৈ পান্গনি।
পুন্সি ইপোম্দ তাওগনি
করিগি চৎলি নাথৈন।

লৌবুক্ মাগি ইরাৎ-থৌনিদ
নসাদু লৱাই ফাওন ইংবনি।
পুন্সিদ সান্তি পিবনি
ৱাখল্ ময়োল্ চোংবনি
পিগনি পাংগল্ পুন্সিদ। □

# লন্

নংন ঋান খোম্জিল্লম্ব লন্সে
য়ুম্দ অমুক্ হল্লদি পুখোদন।
মপু ওইনিংব কয়া থোরক্লে,
লাল্ কয়া অমুক্ হৌরক্লনি।

থৱাই ঋান হুমাং-তান হোৎনখি
আসা অমথক্ থুংলবদি খন্নি।
পিরম্লিব চাওরব খুদোল্সিন
নংবু মোংফম্দগি কোৎথোক্তুন চৈনরনি।

নংদি অমুক্ লাক্লরোই মফম্সিদ
কম্দৌনি ইমুংসিদ চাক্লি মৈন। ‐
নংগি ইন তাংগোই ওল্লগ
খুদোল্ পোৎসিন অমুক্ কম্দৌনি।

করাম্গন্ব থমোইনি নংগি নচাসিং
মিনুংসি য়াওদ্রে ঙাওরে কল্লক্পন।
লন্গি মপুদি নংত ওইরম্লে
নচাসিংদি লন্গি মৈরান্বি ওইরম্লে।□

# লিলা

লোইনাইদ মিংকি পিন পিরি
তাইবং লম্‌বিদ বিদাই।
মালেম্‌ ইমাগি তম্‌বাক্‌ত।
ইরিক্‌ মচা-মচা তুংলি
ইপাক্‌ ওন্‌বদি ওম্‌দন
মাংখি নুংসাগি মৈসাদ।

পুন্‌সি কয়া ইরাক্‌নরি
কক্‌চেং মচা লাইবক্‌থিন
নোং-মংব মিকুপ্‌ অমদ
নহাক্‌কি পিরাং ইরিক্‌সিং
য়েক্‌নবনি মাগি পুন্‌সিদ।

থমোইদ থৌজাল্‌ নিজরি
মঙাল্‌গি মসক্‌ লেপ্‌লদ্রে
কুম্‌হৈনি সমাজ অঙকপ্‌।
খ্বাই ময়াম্‌গি অব্রাবসিং
ওইররি তাংকক্‌ কয়াসিং
তাইবং লিলা যম্‌বাক্‌সিদ।□

## উচেক্ য়োনব

উচেক্-লাং থাক্‌প থুংলরে
সিংলক্‌প উচেক্ লৌকম্ অদুদ।
মখল্ কয়া য়াওরি
উচেক্ পুম্‌ব লৌসিন্‌খি
মপু মাগি সেন্‌থোক্‌কি।

খুবাম্ নুংদগি উচেক্‌ন
নান্‌থোক্‌প ওম্‌খিদে কৈদৌনুংদ।
হন্‌খি হরাওন লাংথাক্‌প
খুং থেক্‌তুন সেল্ মসিং
ইসৈ ওংলক্‌ই পুক্‌নিং পেন্‌ন।

খোংলক্‌ই নুংহিক্‌ন উচেক্ পোন্‌নুংদ
থওইবিদে সেন্‌দোংগি খন্।
সান্‌দোক্‌লি অম্বাইবসিংদ পেন্‌নব
পিরম্‌লি মমল্ চানব
পুনখি খোইদব খন্‌দুন।□

# ইসিং

মিনম্‌গনু নখোই ঐঙোন্‌দ
সেংদোক্‌লি ইথাদ নসাবু
তাইবংদ খোংদারক্‌প মিকুপ্‌তগি
খংই ঐনদি লোইনমক্‌।
হাইরি লাইজ ইসিংন।

ফিজেৎন নসাই সক্তম্‌লি
কনাগি থমোইবু সুম্‌লিব।
মিনম্‌লি খোংফম্‌ খুদিংগি
কোইসিল্‌লে নসাদু তিংখংন।
হাইরি লাইজ ইসিংন।

নসাগি থবাইবু খংজদে
তিংখংন য়ুরব হক্‌চাংদগী
চেন্‌থরক্‌প ইখেংদ ইরোইরি।
থিদ্রে নান্‌থোক্লব তিংখংদগি।
হাইরি লাইজ ইসিংন।

নমানি ঐসে য়োক্‌চবি
অহৌবদগি অরোইব ফাওব
নখোইগি মপোক্‌ খুদিংমক্ত
ঙাইরি মিনুংসি খংলক্‌প।
হাইরি লাইজ ইসিংন।□

# কক্চেং

ইসিংন মৌরব ইপাক্ত
তারব কক্চেং অমন
করিবু থিরিনি ইপাক্তুদ।
কনাসু লেপ্লদে মাগি
কুপ্লে অরা-ফিজংন মাবু।

উচেৎ অমতং পোং-ওইন
নিরিগত্র ইস্বরদ হিংজনব
অমন থৌজাল্গি ইরিক্।
মহাক্পু থাদরম্ব মাবু
কাওথ্রে কক্চেং হিংনিংদুন।

লাল্নি মসিসু হিংবগি
পন্থুংদি উদব মিংন।
নিংসিংলক্ই কক্চেংগি থমোইদ
মহাক্পু থাদরম্ব ইপাক্তুদ
নিজরি পাম্বে'মা মঙোন্দগি।□

# মিনাই

অমোং অকাই  অরেম্থাক্
সেংদোক্ই মাগি মখুৎন।
        চাম্থোক্খি মাগি হুমাংতন।

        সক্তম্ ওল্লে অরু-অনান্
        পেন্নখি লুহোংবৈ মিয়াম্।

বারতোন্ ফংদে নহাক্তি
মমল্ খেন্নৈ ফিদাগ।
        লোংখি মা যুম্গি কাচিন্দ
        লাইবক্ন ইথিন্ লাংগোইচন্
        লুহোংবৈ মাইথোং য়েংনিংন।

মথৌ য়াওদ্র মৈঙাল্দ
লেপ্লরে অমুক্ মিনাই।
        চিক্ন ঙাল্লিব মৈঙান্দ
        মনিংতম্ন থোরক্লে মহাক্
        সেংদোক্লি অমোংপসিং হান্নগুম্।□

# নেসা

চৎলি চিংদুন পুল্লগ
য়োংকি অচৌব থৌরিন
চৈনান য়োম্লা কোম্দুদা।
ওম্লোই কনাসু থিংলুব
মাগি লম্বিবু পাংগল্ন
মাবু পাম্ন লোইনরুব।

মতাং অমা অমুক্ লৈতে
মনিংতম্মি অচৌব মৈরিওই
থৌনা পাংগল্নি মাদি অকন্ব।
লুরবি মান সুম্থ্রব
লাল্দি জোই ওইথ্রনি মাতন
থরাইসিনত মাইথিগনি মপোক্সে।

ফিভম্ কাইন লংথোক্লম্লে
ঐবু কন্বিব কনাসু য়াওদন
চৈনা খাংহৌই ইদোম্নত।
মিনুংসি খংদে মহাক্তি
থৌরাংলি ই-খক্ মহাক্ন
মসিনি মাগি হৈনবি।□

# তেলংগা

পাইরি তেলংগা ময়াম্
থমোই পান্দবগুম্ য়াংন।
মতম্গি ইংল মালংদ
মাইথোং মকা লাম্ন।

অমগ অমগ সিংনৈ
ঝাংব তান্নৈ মখোই।
নাপল্ য়োম্ল মাইথোংদ
ওক্হল্লি উরু থমোই।

মিকুপ্ত নোংদোল্ খেংলুই
কাওহন্খি দোরি লংন।
মিকুপ অসিন পুরক্ই
অঝাব লংলাগি লাইবক্।

মাংখি নাপল্ পুম্নমক্
খাংখি অহিং লিক্লাবু।
লক্নবনি থাজ-থঝান্ন
পন্থুং নংগি নরুম্দ।

অহিং মমৈ থাংজন
লাওখোং চল্লম্ই মঙোন্দ।
পুন্সিদি লোম্ব নাইবনি
সেন্নৌ মালং-ইপোম্ খংন।□

# ৱারি

লেম্‌ন হিংবগি লম্‌বি সেম্‌লি
কলকপগি হি তোংদুন ঙাওবি।
লৈরাংগি থোৎলল লৈকাদ
তাহল্লি খোংগুল্‌ নেংখাইদুন।
সমাজদ কল্‌লক্‌পগি ৱারি।

হক্‌চাং পরেং-লেংন থাবল্‌ চোংলি
অথেংব অহিং কৈথেল্‌ মচিদ।
চাওখৎলল য়ুম্‌দ কেকু লোৎলি
সান্‌তি মরুম্‌দ থাংসাং সৎলি।
সমাজদ অরোন্‌বগি ৱারি।

খাংজাও মৈ হৌরি
থাওদ তাওরি জিবগি সাদুম্‌।
তাওরি মালেম্‌গি তম্‌বাক্ত
কান্‌নদ্রব হক্‌চাং মচেৎ-মচেৎ।
সমাজগি ওইবরি ৱারি।

মহু পুবব হক্‌চাংদুন চৎলি
অসেংব সাদুন ফিন কুপ্‌লগ।
সকফম্‌দি হোংলে মাইথোংদ
লোইন মাংখ্রে মহৌসাগি ফজব।
সমাজগি ওইররে মাংন ৱারি।□

পুন্‌সি লম্‌বিদ-২৪

# মালেম্

মযাম্ উবে, তারে কিরে
থমোইসে নিক্লে তানিক্-নিক্।
মালেম্দ অকল্-থৌগি লাল্
মৈরিন নোংদোল্ খেৎলিব
পুন্সি লম্বি ময়াইদ নোংম কাংদন।

থব্রাইলৈরাং কেল্লে লেপ্তন
লৈখোক্ত কয়া মৈসা লাংহৌরে।
ঐ ঐতগি হাইব ব্রাখল্দ
হিংবৈ লাল্ মখল্ থেংনরি।
পুন্সি লম্বি ময়াইদ নোংম কাংদন।

তুহৎপৈ নিক্ল খুৎসাসিংন
ফিরাল্ য়ুংনিং য়ুংনিং ওম্খিদ্রে।
মালেম্দ হক্ কন্নবগি
পাংগল্ন মরাই চাইথর।
পুন্সি লম্বি ময়াইদ নোংম কাংদন।

মিওৎপ কয়াগি পাংগল্ন
মিনাইওইন মখোংদ তুহল্লে।
তাহৌরে ফিরাল্ উফুল্দ
মতু সোন্ন নিংওম্দ।
পুন্সি লম্বি ময়াইদ নোংম কাংদন।□

# লৈঙাকপ

অমম্ব অহিংদ্দ চৎলি
অমুব হুইথৌ অমথক্
য়াম্ন সিংন নোংথাংগুম্।
তাহৌই খোংগুল্দি কয়া
সুমাং খুদিংদ ঐখোইগি।

তম্নলাই অমুক্ ওল্লি
মহুপুব লিন্ অমুক্ওল্
হাৎলি থব্রাই কয়াবু।
য়াম্ন তপ্ন মতু পোন্ন
হন্খি অমুক্ লন্ চেন্নন।

মাগিদি মনিং থুংজরি
সক্ফম্ কাইরক্ল লম্দম্সে।
মমাই তাথোক্লগ লেপ্লরে
মিনুংসি ব্রা ঙাংলদুন
সুম্লি মিয়াম্গি থমোইবু।

নুমিদাং খুদিং লম্ য়েংলি
সেম্লি অচেৎপ যুম্ফম্ মাই।
চনিং তান পোথানব।
হুইথৌলাব তুবোন্বসে
অকি-ফুম্বংনন ফম্থখরে।□

# সরৎ-রিতু

সরৎ-রিতু লাক্‌পদ নিংথিরে
অমম্‌-অঙান্‌দ অতিয়াগি মাইথোং।
কদাই কৈদনো সমাজ অসিগি
সরৎ-রিতু করম্ব মতম্‌দ
অমোৎপসি করিন সেংদোক্‌লরনি?

অনৌবিগি ফিজোল্‌ন চাংতান্‌নৈ অতিয়া,
মোৎলব মালেম্‌সিদ ফিজং ওইররে,
মনুং মপান্‌ নাইরে
পুক্‌নিং অনি লোংলে।
অমোৎপসি করিন সেংদোক্‌লরনি?

মচান মমাবু মিনম্‌লি
অমম্বদ ঙম্‌ন লোৎপগুম্‌
অচুম্বদি ইরাক্‌নরে ব্রান
ইয়াইদ অঙাংগুম্‌ পংন
অমোৎপসি করিন সেংদোক্‌লরনি?

আসাদি তৌরি কনান লোন্‌ন
নোংমদিকো নং তক্‌সি সোন্‌দুন।
থমোইদি খাম্‌বি মৈহৌরে
নিংজব আসান কিন্‌থরবদ।
অমোৎপসি করিন সেংদোক্‌লরনি? □

# ঙাইব

ঝাক্‌চিংগি পামেল্‌ উসাদ
চেক্‌ল নংন নাইতোম্‌ তোংলিব।
নচিন্‌ন অকংব উসাদ
চিক্‌ন খোংলিব তান্‌থানাইন।
কবি আসানো তৌরিব?

নতোম্‌ত কনাসু য়াওদ
অয়ুক্‌কি লাইজ ইসিংসু থক্‌ত।
সন্‌ধ্যাগি লাইজ ইসিংবু ঙাইরিবর?
নাইতোম্‌ চংলিব লম্‌বিদুদ
করি আসানো তৌরিব?

যেনিং চোংলক্‌লে উসাদ
করিগি হান্‌নগুম্‌ খোংলিব
নংগি ননিং থুংদ্রিবব
বসন্‌ত বিতু লাক্‌লবদসু
করি আসানো তৌরিব?

পুন্‌সি নুমিৎতি তাবক্‌লে
অনৌব লম্‌বি অমগি।
আসাদি তৌরুদ লেপ্‌লবে
ঐ-ঐগি পুন্‌সি লম্‌বিদ
কবি আসানো তৌরিব? □

# ময়াগি লাং

মচু লৈব লাংনি পুন্সি লম্বিদ
থাক্লি তাইবং তুরেলদ্ মগুন।

হিংলুরি মথানুংদ ঙা-ওইন
লেল্লুরি নুংঙাইন মাগি ইপোম্দ।

ঙাওন থুরুরে ময়াগি লাংদ
ঙসিদ খংলক্লে পুন্সিগি মসক্
থৱাই লৈবাং মখোক্ লোইরবদ।

অমম্বদ পংন চৎলুরব মতুংদ
কপ্চৈ মল্লব হক্চাংবু য়েংদুন।

থৱাই ৱান থিরক্লে পুন্যাগি লম্বি
কদাইদ লৈবিগব দান্ কৎতুন।

হক্চাং ওইব সোক্লব ফিসিদি
অমুক্ সুদোক্ চাম্থোক্লুব নংলরোই।

হিংলি কয়া'মা সিখি কয়া'মা
সিখি লম্বিসিদগি নান্থোক্লুব ঙমদন। □

# নহাক্নি ঙম্নমক্

নহাক্ ইনাক্ত ফম্লো-লাও
ঐগি থবাই হরাওজনব।
তাইবং লৈকোল্দ লৈবাং সাৎনব
পুন্সি লম্বিদ মৈরিন মুৎতনব
নহাক্নি তাইবংগি ঙম্নমক্।

নহাক্ ইনাক্ত ফম্লো-লাও
সরৎকি থাবল্ন ময়াই কানব।
পামেল্ অচৌব হৌনব
লম্বি চৎপ কনান পন্থুং ফংনব
নহাক্নি তাইবংগি ঙম্নমক্।

নহাক্ ইনাক্ত ফম্লো-লাও
হিগি লম্বিদ নোংলৈ-নুংসিৎ ঙাক্থোক্নব।
মৌসুমি মতম্ চান থুংলনব
মহৈ-মবোং মক চুম্নব
নহাক্নি তাইবংগি ঙম্নক্। ☐

# লাং

মচু ফজব লাংনি মিওৎপন সাব
থাক্লি খুনাইসিগি তুরেল্‌দ অঙম্‌বন।
লাক্লে ঐগি নুমিৎ থুনব
সগোল্‌গুম্‌লে সিন্‌থাসু থব্রাইগিদমক্
ওইরম্‌লে পন্‌থুংদি মচুগি লাংদ।

কপ্‌চৈ মমা-মপা হল্‌লক্‌ত্রবদ
অমম্‌বন জোই তৌরক্‌লবগুম্‌ন।
ব্রান ঙাওন থিরক্‌লে
কদাইদ লৈরিগব লৈবাক্ খোংন
'ঐখোইগি লাইবক্ করি'।

হিংলি কয়া'মা সিথি কয়া'মা
ঙসি লাংসিবু থদৎপ ঙম্‌দন। □

# লৈরাং

খুংগংগি লৈকোল্দ
সহবগি লৈকোল্দ
        বসন্ত লৈরাংন
        সাংলি ফুগাইন।

সিফাইগি খোংঙুল বুংন
নৈহংলি যাম্' তম্থিন
সক্ফম্ হন্জিন্ব ওম্দ পুন্সিগি।
        অউব তাইবং থমোইন
        মিপাইব পোক্ন রাবৌজে।

মহৌসাই মবোই মনাওসিংন
লেপ্লি মাই মিচংদ তুসোন্ন।
        মালংবগ চিরোল্লি
        লৈবাং মাগি মবাইবক্।

যেংলি থমোই সোন্থন
লাইবক্ থিববি মান
থমোইদ নুংহিক্ন কপ্লিব।
        উপাই লৈতে পোন্গি চেক্লাগুম্
        খাংলি মসা খপ্তুন মাগি।

# থৌনা

পরেং লেংন কক্চেং চৎলি
ময়াম্গি থৌনা ফজব
য়েংবদ কুম্হৈসি খল্লুই।
চাওরব তিন্থ্রোক্ পুমিন্নৈ।
পন্থুংন থমোই পেল্হল্লি।

অনৌবা মফম্দা চৎলি
থৌনা পিবব ব্রাখল্ন
মতম্গি সক্লোন্ পুদুন।
মাইযোক্নৈ লাল্ খুদিংমক্
নোংমত তুংহন্ন চেন্খিদে।

মাইপাক্পৈ ব্রাখল্দ খল্লি
লোইখিদে পাংগল্ মখোইগি
সিংনৈ খুদিং মাং-লম্বিদ।
বসন্তৈ লৈরাং মাইথোংগুম্
নোংমত অৱা সক্তম্দে।□

## ব্রাকং

তাদুন লৈরি ঙসি
পুন্‌সিগি ব্রাকং কয়া
হিংবদ হক্ মচল্‌সিং।
লৈখ্রে পাওখুম্ অসিবগুম্
লৈবাক্ মপুদি তুম্‌লিব
নুংসি হৈত্রব থমোইন।

ঙাইরিনে হিংনবগি
পুন্‌সিদ থব্রাইগি খন্
নোংগৌবি চেক্‌ল ওইন
লাইজ ইসিংবু ব্রান।
নিংজরুব কয়াদি
নুংদ ইসিং চাইবগুম্
মাংলেনে অবেম্‌বদ।

উৎকুম্ মরৈগি ইবু
তিংখংগি মহাওনি খন্
নোক্‌ন অসুম্ লেল্‌লব
মাংলনি লৈবাক্ অসি।
ফংলি মহৈদি কাইদন
মৈদগি তাংগোই ওইন
মখল্ মখা মালেম্‌দ।□

# লম্‌বি

থাসিগি অহিংদ চৎলি
মসাবু মসক্‌ খংজদন
ব্রাহংদি ঐসিবু কনানো?
পন্‌থুংদি কদাই লম্‌বিগি
মান করম্‌ থোক্‌কদৌরি?

মসাগি লাইবক্‌পু য়েংলি
উঁজে মান ঈসিংগি লম্‌বি।
থেংনৈ ঈচাওগি ঈথক্‌সিং
ব্রারব পুন্‌সি লম্‌বিদ
নাইতোম্‌ কনাসু য়াওদ।

ঈপাক্‌ত হি হোল্‌লি
মৈরাসু য়াওদন মা
অনৌব আসা মাংদুন।
নৌ থাদোক্‌তুনা ফম্‌থখ্রে
স্বর নৎতন ঈচিক্‌ চিক্‌লে।

তারম্‌দাই সজিক্‌ন হাইরি
মাইথোংদ মোমোল্‌ নোক্‌লগ
'য়েংঙু মিরাং মিগি
উরোক্‌কুম পুক্‌নিং চংব
ফংলনি অনৌব লম্‌বি'। □

## হুই

পন্থুং উবব হুই
কপ্‌লি মাগি থমোই।
ঙক্ত থুরিব থৌরিন
লৈথ্রব পুন্‌সিগি মমল্‌নি।

আসা অমখক্ তৌই
তুংগি য়ুম্‌বিনি নখোই
মিনুংসি খরদি লৈযু।
লৈরি নখোইগি নরুম্‌দ
লৈবাক্ অসিগি লাইবক্।

থদোক্‌লো ঙক্‌কি থৌবি
লাংনি নুংসিব ব্রাহৈগি
মগুন্‌গি খল্‌লিব মিন
পুন্‌সি অমগি মহাওদ
মাংখি থব্রাই কয়া।

মপু নিংব মনাই
ফংখি সিন্থান মাগি
চাওথোক্‌চৈ মনাগি মরুম্‌দ।
ফংদ্রে ঙসিদি মিনুংসি
কেল্‌লি থব্রাইন উনাগুম্।□

# ইন্থোক্প

থৌনা হল্লব পুন্সিনি
মাংগি লম্বি তেল্লক্লব।
ইন্থোক্লি মাবু কান্নদ্রে
লৈরাং সাংত্রব লৈপাল্গুম্
মিরেম্নি হাইন মচাসিংদ।

মদোম্ তুমিন্ন খল্লিনি
মাংলে তৌবিমল্দো লেম্ন
মালংদ লাওরু খোল্জেল্গুম্।
ইচেল্দি হনগৎন চেন্দে
মসিনি তাইবংগি লিচৎ।

উফুল্দ তারে মাংলনি
অমুক্ খুন্গৎলুব য়াদ
অহন্নি সনা ওল্লবসিং
মপান্ ফদি মনুং সনা
পাওতাক্ ময়োম্নি পুন্সিদ।

লম্জিং য়াওদ্রব পুন্সিনি
কপ্খি পন্থুংন থমোইদ
মচোই মচোইন তানখ্রে
মতম্গি কল্ল নোংলৈন
ঐতগি হায়ব ব্লাখলদ। □

# তিন্ চংলবা লৈরাং

চিক্লা থাবল্গি অহিংদ
ইয়াইদ তারিব থাজগুম্।
মাইথোং ফজব পোলোইদ
ঙাওরুরে ঐগি পুক্নিংদি।
চিংনবদি পোক্ই অমুক্
মতম্গি লৈরাং মগুন্দ।

তারক্প উনাই ইপোম্দ
তারি থাজে কাইর মাইথোং
মিকুপ্ত হন্জিন্জৈ সক্তম্।
মকোক্ ঙাওর পাংঙন্দেম্দ
তৎলুর লংলাগি কিসি
লৈরনি পুন্সিদ লেংদ।

তাংলবি লৈরাং লৈহিদি
লম্লান্ব খোইমুন হুরম্লে।
থেংনখি অসেংব মসক্
পুন্সিদ লৈপুল্ সেম্লকান্।
থমোইদি কাইখি নুংবংনৈ
থাজদি নোক্হৌই ইতৌদ।□

# কোনথোং

কোন্‌থোং তেক্‌লব ইংখোল্‌সি
থাওমৈ অমদি ঙাল্‌লি।
অহিং খুদিং মুৎতন
মল্‌লব য়ুম্‌গি ময়াইদ।
মসি হিংবগি খোংচৎনি।

য়েন্‌দাই লৈতেংলিব লৈরাংগুম্‌
থাওমৈ য়ুম্‌গি ফম্‌জাওন সেন্‌নবি।
ফম্‌জাও মপুনি অমুক মা।
য়ারোই কনাসু মনিংতম্‌ব
খনদুন সম্‌বল্‌ হিক্‌থর ইংখোল্‌নি।

নখোইন কোন্‌দুম্‌দি থাংজিল্‌লুনু
উদুন ইমুংদ নোং-য়ুরি।
মিনুংসি নংতে মদু থমোইগি।
পিবিরু ই চরু নোংঙাল্‌লগ
অথোইব মিওইশিংগি থবমনি। □

# মনিংথোং

কোন্থোংদি হাংই ইংখোল্সে
সেম্জিনদ্রব নোং-য়ুরব য়ুম্জাওনি।
তাই মিনিল্ মনুংদ মনুং
তাই কৈথেল্গুম্ মমল্ হন্নব
লৈরিগদ্র ঐগিসু মফম্ অমা।

লৈরি হুইগি লম্বিগুম্
মনিংথোংদ পন্থুং ওইব
হুরাল্ কৈথেল্ অমা।
হন্নখি মন্তিক্নরুব মখোই
লেপ্হৌরে ঐদি খুৎ হাংন।

কবুই কৈওই নংগি লৈবাক্
হোরে মনিং মমাং হোত্রোং
লৈতরে অচুম্বৈ তাংবল্।
কদাইদ হিংগনি ঐখোই
লেপ্কনি মিচম্গি লাইবক্।

চংফম্দি খংদ্রে মনিংথোং
মমাংথোংন চেৎন লোন্খ্রবদ।
খংদ্রে লম্বিদি ঐখোইন
য়েন্নরি মখোইন চাক্থুং কয়া
ওইহৌরে ঐখোইদি খুৎহাংব। □

# খোংঙুপ্

নোংজু নুংসা খাক্তন
সেব তৌখিবনি নংগি
আসা কয়াগি ইপাক্তা।
ইজৎ লৈখিবনি মদুন নংগি
মিযাম্ তিন্‌ফম্ কযাদ।

নংন ইন্‌থোক্‌পিবি ঐবু থাপ্‌ন
ফিবম্ সোক্‌লব ঙসিদি
নংগি হাইব মফম্ খুদিংদৈ।
থৌজাল্ মিযেংন যেংবিদে নংগি
মসি নখোইগুম্ব অমগি লোনচংল?

তোন্‌ন লৈজবব লোন্-থোক্তন
নংগি মনিং-মযাদ চাইন তাবব
কবি পেন্‌দ্রি মৈ অমুক্ থাবিবি।
মদু নখোইগি ধবমব?
ব্রান মিনুংসিগি ঙাংলগ।

কবি উপাই লৈবি ঐখোইন
তোল্‌ল মপোক্‌সিদ পোক্‌লুবন
তাইবং সেম্ব মপুদ তাইনকখিদ্র।
মপোক্ কযা হিংখিব তাবি
মখোইন মিনুংসি পোক্‌লক্‌প।□

## সান্‌তিগি লৈকোল্‌

থাদবিরি তাইবং ইপাক্ত
ঐবু খোং-খুৎ য়াওদ্রব অমগুম্‌।
মহৌসাগি ফজব উদ্রব
তোল্লব ঐগি মপোক্নি
করিগি অসুম্ন ইন্‌থোক্লি।

থমোইন হংলক্কই লৈচিল্‌দ
কয়া কুইন হিংখিনি অসুম্ন।
খুম্লক্কই থব্রান্‌মিচাক্ন
'পাক্ল ইপাক্সি ব্রাংমদ
লৈরি সান্‌তিগি লৈকোল্‌।'

খন্থৈ করিনো থমোইদ
উরক্লে লম্‌বি অমা।
ইংগ্রি সিংপ সনান
থৌগল লাংব লৈনম্ন
চৎনিংবন ঙাওরে থমোইসে।

তথক্কনু হাইরি থব্রান্ন
মালেম্‌দ ব্রাক্‌চিং নোংলিক্কুম্‌।
নাকেন্‌থা নাইদ লৈপাল্‌সিংন
পিরি থব্রাইগি পোথাফম্‌
অহৌব অরোইব লৈতন।

ঙাইদব পন্থুংন লাক্লবদ
ফংলনি সান্‌তিগি লৈকোল্‌। ☐

# পাওখোং

ঐবু করিগি চিংসিল্লি
পাম্দ লম্বিদ নখোইন।
মসিন নখোইগি নথৌর?
খোংদ পুল্লিব থৌরিসি
থমোইবু জোই তৌব ঙম্লদর?

হুরান্ পোৎয়োন্ লম্বিদ
ঐবু ওইহল্লি পোৎয়োন্বি।
থমোইসে পোন্গি চেক্লগুম্লে।
হৈপাল্দি ইকাইন য়েংলি
থমোই লোংব সিন্থোংবু।

দন্দিবু কিদুন লোংলি
কাংখল্ মনুংদ চংদুন।
ঐবুন ইন্থরি অরান্বদ
নবাল্গি মহুৎ শিন্খিনব
ফিন অমোংপ কুপ্তুন।

নোং-ওইন মাংখিনি খল্লি
অতিয়া মকোই লৈচিল্ন
খংবনি ঐগি ব্রাবি-পুম্ব।
ইসিংদ মমি তাবনি
নোংম ফোংলক্খিনি পাওখোং।□

# অনৌব সক্তম্

য়েক্লি খুৎন তুরি লম্বি
সক্তম্ কয়া থাজদ লেপ্লরি।
থোরক্ই থরাই পান্ব ওইন
ব্রাহং কয়া হংলক্ই ঐঙোন্দ
পিব ওম্দে পাওখুম্ ঐন।

ইরাল্ ওইররে ঙসিদি
পাইকবৈ খুৎসিন তুরি।
পাওখুম্ থিরি ব্রাহং কয়াসিগি
'লাল্' অসিবু হোৎনরুবৈ মহৈব
ফল্ অদুগ জোইসু থুংলখিগদ্র?

মাংদন লাং তুংদন তেন্
সক্লোন্ কযাগ লেপ্লবি।
ঙক্ত থৌবি থুরবে ব্রাখল্ন
উবিবে মিযাম্ন অঙাওবগুম্
ফংলি লম্দম্সিদ অঙাওবৈ চৈথেং।

ঐগি লব্রাইদ ফম্দুন
সক্তম্ অসিন ই-চুপ্লরি।
থৌদৌনি থুংলব নৌন
চেন্ফম্ লৈত্রব পুন্সিদ
মফম্ অমা থুপ্লুনব।□

# তোল্লব মপোক্

মোন্দুম্ মোন্তেক্ত পোথরিব
কয়াগি খুৎন চিংসিল্লি।
সন্ধ্যা নুমিৎকুম্ তাসিল্লি
ফিগাও সাব সমুদ্রদ
তোল্লব কয়াগি লাইবক্।

কদাইদ লোৎলুব ওম্গনি
নুমিৎ থানি ওম্ন খংহল্লি।
মখোং পাইকবি মপোক্সে
কবেম্ কথাইন মিনোক্ন
পংব তম্লবনি ইনাসে।

হিংনব খোইহিনি খন্ন
হংগোইব কয়া-থম্ লেক্লি
মখোইগি মখোং খোংযাবু।
ওম্দবে মিকুপ্‌মা কাংব
তিন্খবে ইদ মহাওসে।

খল্লক্ই রাখল্ অমুক্-মুক্সু
ঐখোয়সু মিনি তাইবং মিওইব।
'সন্দ্রেম্বি, ইমা ওক্ যৌবে,
উপাই লৈববোইদ্র ওসি?
অসুম্ন হিংবসে রামল্লে। ▢

# খোংমোজ

পোলোইগুম্লা নিংথির ফিজেৎন
মিমাংদ থমোইবু ময়াই কাহল্লি।
ইজৎ লৈরব মি অমগুম্ন
সিংথনৈ মিয়াম্ন মাগি মগুন্
ব্লারিনৈ মাবু মিয়াম্ন
মিযাম্দ তৌথোক্প খল্লোস্ন
মফম্ মতম্ নাইদন।

লংলব খোংঙুপ্কি মনুংদ
মোজন তুসোন্ন লাওজবি।
'অতিথি ওইবব মিকুপ্ অমদ
নিংশিংলক্কনি খোংঙুপ্ লৌথোকলুবদ
ফিবম্ কাইরব ঐহাক্পু।'
নংলনি মহাক্ ইকাইব
সোন্থরগনি মাগি থৌনা। □

# লেপ্মিন্নব

চাওখংপৈ মমি তানব
চিংখংলুনে তুংগি খোংদো।
লেংমান্ননব অনিমক্
ফংলনি তাইবংদ সবগ
লৈকোল্সি লৈবাং হেল্লনি।

ফুবিংন-ফিন যোম্সিন্দুন
থম্লব ইমুংগি কাখুদ
উবোই ম্যাগি মতিক্।
লৈকংলাগুম্ লম্দম্সে কম্লনি
ইবম্দম্ মিখা পোল্লনি।

মাসু ফম্হল্লু নংগুম্ন
মানব তাংবল্ মথক্ত।
ওইববোই মানব সমাজ
ফিমল্ ফিজি থুংলব।
নিংব কাইন হিংলনি।□

# লুহোংব

য়েংলি ফক্লাংদৈ কুন্দো পরেংন
ওসিদ লুহোংলুব বর-কৈন্যাবু।
লুহোংবগি তাংলব অহিংন
চেংন পুন্সিল্লি পুন্সি অনিবু।

ওইহন্খি নিংথৌ কোয়েংন
তিন্খিব মিয়াম্ মরক্ত।
নুংসিব সুরগুম্ থমোইদ
লিল্লি কৈন্যাগি মাইথোংন
সুম্খি মিয়ামবু নাওসুম্ওই।

নিংথৌ ফম্থিন্ব কোয়েংন
লাওরক্ই কনা খংহন্দ।
চংলনি নম্বো ওইদুন
ঐগি অরুম্বন নকোক্ত।
নহাক্তি গারি সন্গুম্ন
ফংলরোই নওক্ হাইগংপ
পুন্সিগি মিকুপ্ অমতং। □

# ললোন্‌ব

লাওরিব খোল্‌লাও অমলি
সান্‌তি ফংননধ্বনি।
মতম্‌গি হৃসিং শিথক্‌তুন
ওইহল্‌লি ঐহাক্‌পু হংগি লাই।

তাইবংমিন সা ওল্‌লক্‌প
সান্‌ত্রিন লমৈ ওইরক্‌প।
ফংলোই অমা উপাই ব্রাখল্‌ন
ইচেল্‌দুদ কাওসিং-ওই নংতন।

মান সনাগি তাংবলদ ফম্‌থি
থম্‌থি ঐবুন মান খোংনেংনন।
অহিং নুংথিল্‌ অনিদ
পাইরুই হিংনব মাগি ফিজি।

মাগি পন্‌থুং ঐখোইন লালোন্‌পোৎ
হিংহৌরি উতাংবি লৈরাংগুম্‌ন।
মোংলব লম্‌বি, মোংলব ইপাক্‌
নিংদোল্‌ পোম্‌লি নাথৈরব্ব গুম্‌দ। □

# তুরেল্

অনৈব খুনাইগি তুরেল্দু
অম্রোং-অকাই কয়া তাওখরি
নুকেং-নুকেং থান পন্থুংগি।
খরই তুরেল্গি পন্থুংসু
অম্রোংগ পুন্সিগি ইশাক্তনি।

চিংদন চিংথাই কিন্থরি নোংজুম
তোরবান্দন চৈনা ওইরি
চেন্থরি ইচেল্গি লেপ্তনা।
ইরোল্নুংদ অচুম্বগি ইচেল্
চেন্থরি কনা উইন্বন।

অন্নে 'হ' ইগিংদি থিংখদ
মাকেম্নে নারে মথুক্ খিন্নে
অমোংগ ইগিংগি ইচেল্দ।
হৈপাল্ খৈলাল্ মখি সাম্লে
খৈকংলাগি সক্লোন্ লাক্লে।

উন মিথাংদ হেক্ থাংখিদ
ওয়াংল নুমিৎ নোংচুপ্ চিংয়াদ
কাওই অম্বুক্পু নুমিদাংন।
পাক্লব খুনাই থারিদি
ইশাক্ত মমিওইন অহৌরি। □

# লাল্

লাল্ ঙম্লক্‌প থাংসাংদুন
কক্‌লি হক্‌চাং কয়াই মকোক্
অঙাংন পাইব য়াসাঙুম্‌ন।
        কোক্‌ক হক্‌চাংগ তারি তোঙান্‌ন
        ইচেল্‌তন সম্‌জিন্‌নব তোরবান্‌ঙুম্,
                মসি মিওইহবৈ সমাজনি।

চিংমাইদ চাক্‌ল লমৈন
লেম্‌হৌব লৈরাং পাম্‌বিঙুম্
হিংহৌরি সিংজেল্ কয়া য়ান।
        লাল্‌ন পিরম্‌ব অতেক্-অকাই
        অমুক্ মেন্‌থংলুব ঙম্‌দ্রন।
                মসি মিওইহবৈ মিমাংদনি।

তারব পুন্‌সি নুমিৎন
থাদোক্‌ত্রুন চংখিনি ঙম্‌নমক্
লান্‌ঙম্ পজেং পাইরিব খুৎ
লাল্‌দ মকোক্ কেন্‌থ্রব কয়া।
        মান্‌নব পন্‌থুং লম্‌বিদ
        করিগি লাল্ তৌনিংঙি?

# অরোন্‌ব কৈথেল্‌

ঙসিদি অরোন্‌ব কৈথেল্‌
থোং লাওন হাংলে মিরক্ত
পুন্‌সিদ হিংব মাতগি।
য়োল্‌লি থবাই মমল্‌ নাইন।

হিংলি তুফক্‌-তুফাই চন্‌ন
জিন্‌জুর থাংলব চেক্‌লাগুম্‌।
অমম্‌বদ থিরি পোং
নোক্‌চনব ঙাইহাক্‌ পুন্‌সিসিদ।

তাংগোইগুম্‌ থৌনা য়াওদন
মালং ইপোম্‌ন পুদুন চংলি।
অঙান্‌বদ হিংলম্‌ব কয়াগি লাইবক্‌
হাইব ইল্‌লব উফুল্‌গুম্‌ন।

মুরতিগুম্‌ য়াঙাংব ঙম্‌দ
লেন্‌খিব তারি মতম্‌ ঙাইন।
পোন্‌গি চেক্‌লা পুন্‌সিগুম্‌,
হিংখিব তারি নিংব কাইন।□

## হুয়ানব

নোক্লি ফংলব মতম্দ
তৌনিংবত তৌব সিন্থাসি।
করাম্ চাওরব মখুৎন
খোম্লি লম্দম্সিগি মনি
শাংগল্ কন্নব সাদুন।

মতম্ মান লাক্লবদ
য়ৈথখি পাংগল্ কন্নবন।
লেপ্লি নোংজুগি পামেল্গুম্
নংন ওৎলম্বৈ হু-ময়াইদি
ওসি মিওইবৈ খুন্নাইদ।

পুক্নিংগি পাক্ল ব্রাখলদ্
কাইরে আসাদি য়াইফব।
নংদি লোৎতুন লৈরিনে
লাইবেন্গুম্ নকোক্ উহন্দ
লম্দম্সে ব্রাবে খংন খংন।

চাক্লি মৈবিওই খুন্নাইদ
নখোইগি ফংত্রব নগুন্ন-নয়াইন।□

## লম্‌হাংগী লৈরাং

ঐগি য়ুম্‌সি য়াঙ্গন মোংলে
থোং থোংনাওসু ঙমন হাংলে।
সেন্‌নমি অমসু লৈতে
খুনাম্‌ কয়া ইয়ান্‌ য়াল্‌লে
হোংজক্‌লে অসেংব মসক্‌।

লোইসিন্‌ তাসিন্‌বসু ঙমদ্রে
কনাদ সিন্‌নগনি ৱাই।
থাদোক্‌প পাম্‌জবনি য়ুম্‌
লম্‌হাং লৈরাংগুই মাংখিব
পাম্‌দে থৱাইসে মদুমক্‌।

ঙাইবদ পন্‌থুংসে ৱারে
ঐগি হায়বদো অমথক্‌।
ফংদে মতম্‌দি কৈথেল্‌দ
মাগ চানদ্রব য়ুম্‌সিবু
পুরক্‌লি সোক্‌লব লাইবক্‌।

সন্‌ধ্যাগুম্‌ মতম্‌ লোইরক্‌লে
মমখিব তারে পুন্‌সিসে।
সোরোক্‌ত তাহৌব লৈরাং
ময়েক্‌ সেংদ্রব ৱারিনি
লৈহৌরো নংদি লাইবক্‌ত।□

# ধরম

ইসিং পাত্র কয়াদ তারিব
মমিদু নুমিৎত্তি অমথক্নি।
সনানি, লুপানি, পিথ্রাইনি
নিংথিব ফিদাদ থম্দুন
থমোই ম্নান য়েৎনরুখিদ্র।

থমোইবু লাক্সিন্ব লম্বিনি
পুন্সিবু সান্তি পিবনি।
নংতে ধরমদি সেন্দাল্লম্বি
হিংবদ কল্লক্ খম্বল্ মিয়েং।
য়েক্নবনি খল্লব ধরমদ মাংলনি।

ম্নারৌন ম্না ঙাংখিদ্রবনি
মিংথোল্ খেন্ন থোন্বিবগি।
ধরমগি লাল্ কযা থোক্লিব
মালেম্দ তাংগোই তাহল্লিব
ধরম মহাক্পু খোংগোইনবগি।

মাদি অচুম্বনি অরেপ্পনি
পুন্সিবু মরেপ্ তাল্হন্বনি
সিব নাইব মপোক্নি
করিগি ম্নাহল্লি কল্লক্পন
পুন্সিবু লিক্লাগুম্ তানিক্লি।

সিব হিংব হক্চিন্ন লুবনি।
পিগনি লম্বিদু ধবমন সোইদন। □

# ঘুম্

ঘুম্সি ইখুৎন সিদোক্নিংদে
মল্লে ঘুম্লেম্নি হাইন মাবু।
তারি লংন নবুযৌগি খুৎলম্।
তৌরি আসা অনৌব ঘুম্'মা
মনিং থুংজনব ইচাসিংন।

কুম্গি নোংজু লাক্পদ
খাংলনি য়াম্ন ব্লান।
তেক্নিংদন কিন্থরনি
মাংখ্রনি খুৎলম্ থিঙম্দন।

মাংখিদন লৈনব ইপাগি খুৎলম্
সারগে ঘুম্জাও থম্নিংবা থম্নব।
হরাওন হিংমিন্নব উরনি
মচু কয়া পাম্ব ইচাসিংন
লৈজরনি কাসিংদ লৈতান।

ফংলে সান্তি থমোইদ ঙসিদি
আসা থোরক্লে পুন্সি ঙোংচৎত।
লৈরে ইমুংদ মখৌগি সক্তম্
মখোইগি থমোইনুংদ লেংদন। □

# ফি

লৈমাইদ তারি মচু কয়াগি ফি
করম্ব ঐগি ওইগনি খংদে।
চুনব অমদি য়াওরি পুন্সিগি
লুগনি তোইন তোইন সিন্ব
চংখিনি মতম্দি কনাবু ঙাইবিদ
কয়ানি অপাম্বসু ফংলোইদব।

ঝাখল্ন খল্লিঙৈ ঐগি
নুমিৎতি থোরকই অমুক্সু তাখিনি।
খন্ফম্দি খংদ্রে ফি অমা
খন্দব য়ারোই পুন্সিগি অমা
অঙাওব মিংথোন্নি মিয়াম্ন ঐবু
থমোইদি ঝারি ফিসক্ খন্বদ।

খল্লবনি ফি অমখক্ পুন্সিগি
চুনরনি ঐগিদমক্ খন্দুন।
ফি মানদি ময়াই কল্লম্লে
উপাইদি লৈতে লাইবক্ত তাইনরি। □

# অতিথি নংন লাক্পদ

ঐগি থোং লোন্দব ইমুংদ
থাওমৈ মঙান্দ নথনন্ত চংলক্লগ
কবিগি খুৎ হাংন হল্লিব?
নংন চংলুব কনাগি য়ুম্দ
নখুৎ হাংন হন্থিব য়াওখি।

পুন্সিনি সেল্লেপ্ মাংলব ঐগি
থব্রাইসি পিবগে অতিথি নঙোন্দ
অপেন্ব ওইবো মসি ফংলগ।
চৎখিনু নং ঐবু হুন্দোক্লম্
ফম্লরো ঐগি মল্লব ফক্সিদ।

পাম্লে নংন নোক্ন হন্থিব
ঐগি থব্রাইসি পুবগ।
মল্লব হক্চাং পোলাংসে হুন্দোক্লম্
হন্খ্রো অতিথি থব্রাই পুদুন
মথং মপোক্ অমগি আসাদ। □

# লাইথিবি

মাগি পুন্সি লাইথিবিনি
মপুগি য়াকাদ হিংলিব
জিন্জুব থংলব চেক্লাগুম্
তুমিন্ন য়েংদুন লৈবে
চংনবি ওল্ল সাজংসে।

লৈমাইদ তাবিব লৈনানি
ইকাইব ঙাক্লি খুৎসাসিং।
খাংলি মৈবিন ইকাইদুন
অহেন্বা খুবাম্গি লিলা
তাংকক্ য়াম্লবা পুন্সিদ।

মিংকি পি মাদি মালংবনি
মপুগি খুৎবিন তৈথোক্খি।
তাবক্ই অদুমক্ পিবাংদি
থিংঙম্দে য়াথংদি মপুগি
থমোই মাদি কাইখি।

যেংজৈ খুৎলম্ চুব হক্চাংনি
য়েন্সিন্জৈ মখুৎন মচিন্
কপ্লক্ই থমোইদি কাইন
থিংব ঙম্খিদে চৈনা
ঙাইবি যাথং অমা মপুগি। ▢

# অওন্ব

নংগি মিং অনি উম্মরোই
চিন্ পাল্সি ওহক ওম্লরোই
কলিদ লাইসংগি লাইগুম্ন।
চিংথবিক্রে নংবু হিংচাবসিংন
তাহৌরে নোরোক্কি কোম্নুংদ।

মখোইন উরগ নোক্ই
নংবু নোরোক্ তিন্ন চিক্প
খোইদ ঙান থুবগুম্ন।
চৈনান নংগি পুন্সিদ
হৈরাংন মখোই পুন্সিগি।

কনাসু সেম্দোক্লুব ঙম্লবোই
মসি চংনবি ওইহৌরনি
নংন তুম্দুন লৈরবদি।
হে থমোই, নং থৌনা লৈবো
সেম্লসি অনৌব খুন্নাই অমা। □

# ঙারাক্পি

অরুব ইসিং ইয়াইদ
সান্নরি ঙা মচাসিংন।
হরাও মোমোল্ নোক্মিন্নৈ
অউব কনাই থমোইদ
তাহল্লি মমি লেংদন।

য়েংলি হৌদোংন উচিগুম্
ঙা-মচাসিং ঙা-রাক্পিন।
মিকুপ্ অমদা পাইথখি
পাইখৎলকখি মোমোল্ নোক্ন
উফৈদ চিন্দম্খি পোংন।

নান্থোক্নব চোংজৈ ৱান
ঙম্খিদে মাগি পুন্সি
কপ্চৈ নোংজু মতৌগুম্ন।
সিবগি মতম্ন লাক্লবদ
উইসিন্খি মাগি মমিৎ অনি।

হিংবৈ লাল্ ইথক্-ইপোম্ন
য়ৈররি তোরবান্দ হন্ন-হন্ন।
খাংবদ ৱারব লৈরাই
তাখি ইরোন্নুংদ লৈকুপ্
তাইবং কনা খংহন্দন।□

# গারি

লাপ্‌ন য়েংবদ ফজন উরিব
লোইন উনি মনুংদ চংলব।
লম্‌বিন মনিংতম্‌লবনি
সুম্‌ন ময়োল্‌ চিক্‌থংলব।
সিল্‌লসিনে অনৌব অমা।

করম্‌ন হিংগনি নে-তাব পুন্‌সি
করম্‌ন পোথনি নে-তাব য়াখল্‌দ।
নোংময়দি সোইদন সিরগনি
গুরুং চংতুন লৈখোম্‌ লম্‌বিদ।
সিল্‌লসিনে অনৌব অমা।

অফবগি নুংঙাইব গুম্‌ন খংলগ
করিগি সোন্‌থরি মিওই পাংগল্‌ন।
মিকিথি ওইব থৌনান
করি পাম্‌লি য়াইফব।
সিল্‌লসিনে অনৌব অমা।□

# মোংলব থমোই

য়েংবদ মিনুংসি মাল্লিব নংগি
ফংত্রব থমোইদুন কোন্সিন্বিগনু।
নংতে মদু ঐগি আসা
নংতে মদু ঐগি ভিখা।
মিনুংসিগি সেংলব ইরিক্ অদুতনি।

ঐগি নিংতম্ব মাংহল্লি
ওম্সক্ তাল্লিব নংন।
মসি লোইব নাইব নিতিনি
ওম্লোই ঐগি পুক্নিং জোই তৌব।
মিনুংসিগি ইচেল্তন থমোই সেল্হল্গনি।

হিংহল্লি ঐবু নংগি মিয়েংখাদ
সনা-থিন্ব তাংবল্দ ফম্লি নংন।
উরি ঐবু অতেব হুইগুম্ন
নংতে মসিদি অসেংব মপু।
মিনুংসিগি লংলাতন মপু ওইগনি।

খল্লি নথমোইদ নংগি
মপুনি ঐ লোইনাইদন। □

# কবোকংলৈ

লাইজগি থোংল মথানুংদ
লৈসাং তম্লি লৈরাং কয়ান।
কপ্লিনে লৈরাং অমথক্
মতম্ অনিদ নুংহিক্ন
নোংদম্ন খিহল্ল লাইবক্।

হৌমিন্ কামিন্নবক্থি মোই
পুন্সিদ লাইবক্তি খেনন।
থরো, থম্বাল মোমোল্ নোক্লি
মাইথোংন মরেপ্ তম্দুন
ওইরি মাদি কান্নদ্রু লৈরাং।

লোইন উবি অতিযাদি
সিন্থরি পিরাংদি অহিংন
মমল্ লৈত্রবি মাগিদমক্।
ইস্বর চরন্দি য়ৌদন
মাংখি অহিং লৈরাংওইন।

মাগিদমক্ তাইবংন হ্রাবিখিদে
ওাইরি মানদি মতম্'মা
পোক্চমল্ হাইবদুগি আসাদ।□

# থাওমৈ মখোং

থাওমৈ মখোংগি মরুম্দ
সান্নরি কুম্হৈ কয়ান
তাইবং থক্খওন্ তান্থাদ।
হাইফেৎ উরদুদ য়েংনিংন
খোইরাংব অমগ চংসিলুই
থমোইসে চাক্লে সেংন উরদুদ।

ফিজেৎ চাম্ম হোংদুন
সারি জগোই তথক্নন
মিসুম্ ইসৈগি সুরগ।
লৈতে ইকাই হংগোইব
জাৎ-বিজাৎ অমা খাইদন
পুম্নমক্ অমত হেক্ ওইখিদ।

মৈঙাল্গি ফজবদ ঙাওখি
মকম্ উদব কয়ান
অমম্বৈ লিলা খংজদন।
পুক্নিং নুংঙাইন হন্নখি
লিরুরি মৈঙাল্গি নিংথিব
পুম্নমক্ অমত হেক্ ওইখিদ।□

# খোল্লাও

কৎথোক্পন থল্লব পুন্সিসিন
লাওরি তাইবংসিদ খোল্লাও অমথক্
অমম্ অঙান্গি পুংজাদ তাইবংগি।
নোংমতংদি থাগৎনিংঙই ইঙক্সে
পোৎলুম্ পুবদ ব্বারব মপোক্নি
হিংনবগি যৌদাদ ঙসিদি।
অদুবু কদাইদনো?
মসির গারিসন্গি লাইবক্।

নোংমতংদি থৎচনিংঙই ইচিন্সিন
কুম্গি অসংব হানৌ মতোন্
সান্ননিংঙই সন্গোল্ ব্বাংমদ চেন্চোংন।
অদুবু কদাইনো?
খোল্লাওসিবু তাবিনব না
মসির হিংমিন্নবগি মরি।
মচিন্দন মান্নব সমাজ
ফিজোল্ন ধরমগি সেৎলগ। □

# মপু

য়োক্পিরি ঐখোইবু মপুন
পোক্লব মতুং লম্সিদ
চানিংব হৈরাং থাবগুম্।
আসা তৌরি লোন্ন থুপ্ন
মাগি লম্বিদ নোক্চনব।

মহৈ চারি মহাক্ন
অপাম্ মাইকৈ মনিং তৌন
ঐগি য়াকা-সু য়েংবিদ।
ওইহল্লি ঐগি পুন্সিবু
ধোরিগি লাইবক্ তেলংগা।

সান্নহল্লুনে অমুক্তং নংন
সন্গোল্ কোন্থোংসে সৎতুন
নচানি অহাংব লম্হাংদ।
মিনুংসি য়াওদ্রব থমোইনি
হিংনিংদ্রে ঐদি লম্দম্সিদ।

নোংজুদ লিমোন্ থৌরিন
সন্ লম্চাগুম্ খোংদ পুন্বদি
বাসল্য প্রেম্নি হাইরসির।
পোল্গুম্লব মনুংসিদ তোন্ন
হিংবসি ফৈ সিখিবন। ◻

# খোইচাক্

পাক্ল  তাইবং ইপাক্ত
চোপ্লি খোই অরাল্-অহুইগি।
য়াইওল্ল খোইচাক্ থাদুন
তাইবংদি শুম্ন ঙাওরে।

অপাম্ব হাইব ইথিন্ন
অফব ফৎতব ভুংওইনব্রে।
কল্লক্ খম্বল্গি ইথক্ন
তুচুংলে খোইচাক্ উরগ।

চংসিল্লি মাং-তুং য়েংদন
তাওরুই ঙহাক্ নুংঙাইন ইথক্ত।
য়োৎলি খোইচাক্ থমোইয়ৌন।
পন্থুংন নোক্খি খোইচোপ্প।

ইমা সিরে লাওরক্খি
চোংলে থবাইসে মালংদ।
হুক্পিরি মাবু চৈনাসিন
পুন্সিসি লোইর খৌরিকোংগোই। □

# মনা

কুম্‌হৈনি মিকুপ্‌ অমগি
থমোইবু ময়াই কাহন্‌ব।
কাংলুপ্‌ অমগি জিবনি
য়ৈনহল্লি কুম্‌হৈ অমা
পোন্‌থা কযান তুংইল্লি।

অঙাংবিদ সি চায়েকো
অমুবিদ সি ইল্লেকো।
ফি সেম্‌নখিব কয়ানি
চিন্‌ কাংজৈগি মকম্‌নুংদ
পন্‌থুংন কনা হন্‌দোক্‌তে।

যেন্‌ব অনিসি লোইবক্‌লে
পাংগল্‌ হুমাংবু কংলক্‌লে।
নোংক্‌নৈ সাওনৈ ভাবোক্‌সিং
জিবৈ লাইবক্তি খল্লুম্বে
সেলভ পোন্‌থগি লাইনিংনৈ।

অমুবি লৈমাইদ হিপ্‌থগ্রে
কুম্‌হৈ মনানি পুন্‌সিদ।
কুম্‌হৈসিদ অঙাংবিগি কাংবুসিং
সেল্‌ন থমোই পেল্‌হল্‌খি
য়ুম্‌দদি মহৎমাংন হন্‌খি। ☐

# থবক্

সিন্মি কয়া নোক্চর ফংদন
তম্না তাইবং ইরোল্নুংদ লুপ্থখি
হোত্রব হিগি মতৌগুম্না।
মপুদি অদুমক্ লেপ্হৌই
মিমাংদ চিংগুম্ লেপ্তুনা।

থোরক্ই সিন্মি অসুম্ লেপ্তুনা
থংই থবক্সে হিংনব লম্বিনি
হিসি তোংদুনা চংলি পুন্সি-লম্বি।
নোংমত ওম্লুদে হিসিবু মেন্সিন্ব
নোংম নোংমগি অসুমক্ হোংনরিঙে।

থবক্না মরেপ্ তাল্হল্ল্রব পুন্সি
য়াম্ তুসোন্না হিসি তোংলগ
খুংথাখি পুন্সিগি অরোইব মতম্দা।
আসা কয়া তাদুনা লৈহৌরে
তাইবং মালেম্দ অমোং অকাইগুম্। □

# লান্মি

লান্মি ফিজোং সেংঙুন
চংলি লম্বিসে সিব-চংবনি।
আসান লেপ্‌ন মাংলসু
লেপ্লোই মখোইগি থোংজিন্দ
লাইবক্‌ খিরে হাইদুন।

মাইকৈ-তরা পুন্সি লম্বি
হিংনিংদুন কৈদসু চেন্লোই।
নংন য়ুংলিব ফিরালদুন
লেপ্লব ঐগি লাইবক্‌নি
মিকুপ্সিদ লান্‌ফা ওইন।

তোন্নন হিংলিব মপোক্‌নি
নংগি থাংসাংগি ময়াদ।
ইতৌসিদ মিনুংসি পোক্লিব
থৌজাল্দো পুন্সিদ পাম্জদে
য়েংঙু ঐদি [illegible]।

ইচিক্‌ চিক্‌লে অহিংগুম্নন
ইথেংন চেন্থরিব নংতন।
লাল্‌গুম্‌ শজোং থাদুন
থৌদৌসি ইকাইখুম্নব উংলি
সেংলব লান্মিগি মকম্দ। □

# নৈ

নৈরাংন করিগি সাংলিব?
নৈরাংদি সেলগি নৈসাংলুদে
তাইবং মপুগি সিন্থনি।

ধবম চেল্লি মহাক্তি
খ্বাইগ পুংতোপ্ তোপ্পি
মসি মাগি মগুন্নি।
        চাওই নৈরাংগি সিন্থ
        চেল্লি থোইদোক্প মিনুংসি।

নৈরাং নৈনমন্ করিগি
তাইবং থমোইবু হুবিব?
মসি নাওকোন্বি মতৌনি।
        নৈবাংন সাংলিবগি মবম
        নোংমদি খংলক্খিনি তাইবংন।

মিনুংসি চাওই ইস্বগুম্
করম্ চাংদম্লুনি কনাগবু
মসি মগুন্ন ওইবনি।
        থাগৎনৈ খ্বাইন মহাক্পু
        অদুন মিংলেন্সু হেল্লিব।□

# মৈরি

কদাইদ করিগি মাংখি
ঙসি খ্বাইন পাম্নরিব।
তাইবং থমোই খুদিংদ
লৈরাংগি লৈনম্ ওইরম্ব
মতম্গি নোংলৈদ মাংলব্র?

তম্থিন তান্থোক্খি মহাক্পু
সান্তিনি থমোইদ তুংলম্ব
কল্লক্ খম্বল্গি ইথিন্তন।
মাগি ফম্বাল্ থমোইবু
মতম্গি মৈরিন চাক্থেক্লবর।

ওন্থিব মতম্গি মৈখুনি
ঐতগি হাইব ব্রাখল্দৈ
ইসাগি নুংঙাইব থিবদ।
ওল্লক্পনি থমোইসে নুং
মিনুংসি হাইবদু য়াওদ্রব।

ঙসিদি মালেম্ তম্বাক্সে
হিংবদ মতিক্চাদরে জিবন।
লমৈন মনিং তম্লক্লে
খা-বাই খংদন চেন্নরে
জিব কয়াগি পুন্সি।

পেন্থোক্প হাইব থমোইগি ইরিক্সিন
লমৈসে অমুক্তদি মুথংলসি ঐখোইন
মালেম্সে অনৌব য়েনিং চোংনব।□

# পোৎলুম্

আসাদি কিন্থশ্রে ইরোল্নুংদ
তাম্নবে মাগি-ঐগি মপোক্সে।
তবংদ তাওরি থ্রাখল্ন লৈচিল্গুম্
থাংলি ইথোংসু ঙাওন অমম্বদ।
ঐগি পুন্সি লম্বিদ।

যৈববি লৈনম্নদি থমোইনুংদ
সোক্হল্লে তন্থবব পুন্সিদ।
খল্লি থ্রাখল্ মম্হল্লি উবগ
নোংজু নোংলিক্ন চাম্লব লৈবাং।
ঐগি পুন্সি লম্বিদ।

তোববান্দ পোৎযোম্ পাইন লেপ্পদ
লাক্তে হি অমত ঐগিদমক্।
থৌজান্দি ফংদে ইস্বদ নিজব
থোংগৎলে ইকোক্থক্ সনজিংবু।
ঐগি পুন্সি লম্বিদ।

অমুক্ খল্লি ঐগি মপোক্সিবু
মিন উবগ নোক্নিংলিদব।
কোক্ন লুম্ব হেল্লক্তুন ঐগি
নান্থোক্খি খুৎতগি খদাং অমুক্।
ঐগি পুন্সি লম্বিদ। □

# করাম্ব

তাইবং লৌবুক্কি ইসিংদি
হোংলে 'হু' চেল্লে।
মসক্ ওল্লে মগুন্সু
জিবসিং হিংবদ ব্লাহল্লে।
ইচম্ চম্জব পুন্সিদ
হিগি খোংচৎত নোংলৈগুম্।

তোন্ন লেল্লিব জিবসিং
উকুব খোইবাংলি মথমোইদ।
খুৎচাওথ হৈথবি 'হু'
ওম্ন মসাতগি থন্দুন।
লোইনমক্ অব্লাবসি থুংলখিনি
মতম্ন লাক্লবদ অওম্বসু।

তোল্লব পুন্সিসিং লোইবক্লে
মখোইগি থমোইদ লাওজবি।
কবিগি অদুক্ কবাম্লি
হৌজিক্ কবিবু কান্নরিবগে?
নংগি পুন্সি খোংচৎতসু
ওইবরে য়েক্নব কুগুম্ন। □



## সম্নরিবসিং

মনিপুরি সংগিৎ নাতব বিদ্যালয, ব্রা' ড . মনিপুব

মনিপুরি সাহিত্য সভা. ব্রাংজিং, মনিপ

এ:আই·আব:, ইম্ফাল্গি সৈবেংব

## সান্নখ্রব নাতক্

ঐগি ইবালনি (বেদিও দ্রাম)

ঐগি লম্বি কদোম্দনো (বেদিও দ্রাম)